# অশৈবগী শৈরোই

## শৈরাংবা

অনৌবা মণিপুরী সাহিত্যগী
ইঙ্গ্লিশ হানবা খুৎমাবা খোইজং তরেন্দ্রা কৌজিক লৈরিবা,
মণিপুরগী ইঙ্গ্লিশ হানবা কলেজগী মণিপুরীগা ইতিহাসগা
অনাগী হৌদোকপা প্রোফেসার,
গবর্ণমেণ্ট ডি. এম. কলেজগী মণিপুরী ডিপার্টমেণ্টগী হেড,
বি, টি, সেমিনরীসু ইঙ্গ্লিশ হানবা প্রোফেসার ওইখিবা,
জবাহরলাল নেহরু ইউনিভর্সিটি সেণ্টর অব্ পোষ্ট-গ্রেজুয়েট ষ্টাডিজগী
ডিপার্টমেণ্ট অব মণিপুরী লেঙ্গুয়েজ এণ্ড লিটরেচরগী ইঙ্গ্লিশ হানবা হেড


**অশাংবম শ্রীমীনকেতন সিংহ**

সাহিত্যরত্ন (মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ),
ফেলো (মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি),
কবিসম্রাট (খোগল মণ্ডপ জাতীসাক নি, কাছাড়)
মেম্বর, সাহিত্য একাদেমি (লোকেল এড্‌ভাইজরি বোর্ড),
মেম্বর, মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ,
মেম্বর, মণিপুর ষ্টেট কলা একাদেমি
মেম্বর, জবাহরলাল নেহরু মণিপুর ডান্স একাদেমি,
চেয়ারমেন, অরবিন্দ সোসাইটী (ইম্ফাল ব্রাঞ্চ),
প্রেসিডেন্ট, রোটেরি ইউনিয়ন (ইম্ফাল ব্রাঞ্চ),
প্রেসিডেন্ট, এম. জি কলেজ।

কোঙবা :— শৈরাংবা মশা।

খুৎনম :— ইহান হানবা।

কুমজা :— ১৯৭৭ ইং।

নম্বা :— দি মণিপুর প্রিন্টর্স এণ্ড মেনুফেকচরর্স, ইম্ফাল ( মণিপুর )

মঙ্গল উবা নুমিৎ
শকাব্দ ১৮৯৯, মেরা নীপাম্নি পানবা, শগোলসেন.
( ২০ অক্টোবর ১৯৭৭।



শ্রীমীনকেতন সিংহ

# ৱাহৈ অমনীদং

ঐগী 'অশৈবগী শৈরোই' অসি খর চাউনা ফোঙনীংবনি। অহুবু পিক্কা থোকউ তল্লম্বরা, পিক্কা অসুম মথোক্লে। মসি ঐগী থম্মোইগী মৱাদগীনি, হায়—

''পুনশিনা লোইরকপা মতাংসিদা ঐগী নুংদা চৈনাগুম্বা অমা ফাওই। মসি অতৈ করিগীসু নত্তে, বিদায় নরূকপগীনি—নীংথিরবা জগৎ অসিদগী নোংমা, পক্কুই কুইদনা থোঙশাল্লনিকো খঙলুবদগীনি। ঈরোয়ননা নুংঙাইবগী ঈহুলগুম্বা অমসু ফাওরি। ঐগী নুংদা ইমাগী মশক মমি শামি তাবগুম তৌবা, মহাক্কী অঙকপা মশান্ন খর খর খঙ্গনুম লাক্নুম তৌবা—অমদগীনি। অনীসিগা মৱী নৈনবা শৈরম খরদনা অদুম ইমাগী শৈরাং থোগল্লমসি'' তত্তনা ঙংই।

অহুনা, অমা শংখি অনী শংখি তৌহনা শৈরম তরাহুমদোইদনা অঙ্গনঙনা ''অশৈবগী শৈরোই'' পিক্কা অসুম থোকচরবসিনি।

শৈরাংবা

# থাগৎপা

অহল ওইশিল্লকপনা মিং শামজিল্লকপদগী প্রুফ রিডিংদা অশোয়বা নাম্বোকখিবা কয়া য়াওখিবনা লাইরিক্সিদা অরানবা খর য়াওখিদবা নত্তে। অমত্তংদং নত্তনা অতৈদি পাবিরিবা ইবুঙো ইবেম্মশিংদা পঙ্কায় কায়রোই খঞ্জরুবনা অমত্তংদুদা উচ্চরে।

লামায় ১৭—অরোইবগী হেক মথক থংবা পরেং—লোকলায় নত্তে 'লোক্মায়' নি।

শৈরাংবা

# কচ্ছবা

ইমা,

নঙ্গী নখোঙ খৃয়াখা

কংলি নচাগী

**অশৈবগী শৈরোই—**

কোম্নরমগদ্রা খঙদে ইমা,

নঙ্গী খোম্লিক্সগী

মমল !

নচা

মীনকেতন

# শৈরম পরেং

# অশৈবগী শৈরোই

## বিদায় কবিতে বিদায়

কোলোয় ফান্ন রাহৌগে থুংশি নঙবু ঙসিদি ;
হায়ু তাসি কবিতে, করি লাক্লি হৌজিক্তি !
পুন্সি-কোরৌ য়াচঙ তম হুল্লে নোংচুপ চীঙ্গী কোল ;
য়ৌগদোরে য়েংউনে য়াচঙলৈমা মশাইগোল !
হায়ু নঙবু মবেম্ম, কদৌরুনি হৌজিক্তি ;
থুংশি নঙবু খল্লুনে, কদৌননি ঙসিদি !

থুংশি-খোঙফম অহানবা পাম্মু নঙ্গী কাদনি ;
থুংশি-শৈশক অহানবা পাম্মু নঙ্গী নাদনি—
চীঙ্গী খোইমু শাহুল তম থুংশি-কাইহৌ-শৈরেং লেং,
হেম্মোইনজ মুনা য়েং হেদৌনজ চিংনা য়েং,
নাপ্পচিক্র নঙ্গী কা শক্রম্লেদো কয়া ঙং,
থুংশি-খূদোল ফংবরা লৈশিল লৈশিল লৈখোং শঙ্ !
নোংচুপ চীঙ্গী কোরৌ ওই খূনীং মোইদোন কাঙনা কাঙ্
খাঙলম্লেদো কয়াম্ম থুংশি, নঙ্গী খরায় লাং !

উনা উনা উহৌদে তানা তানা তাহৌদে—
রাৎপনরা নংনা প্রেম করি থৌশাবিথিদে !
লৈহি চেন্ন লৈকা চোল লৈহি খূদোল তমখিদে,
খোৌরাং খোৌরাং মরীক্ষ থকপা কৌবা ফংখিদে !
নোংদম মাগী নোংদম্ন করমদৌনি হুংশিরুই,
হুংশিরুমল পুবা তাই থম্মোই মানা খঞ্জরুই !
হুংশিরুমল চেক্লা ওই বসন্তগা মরুপ ওই
সোল্লিসিমৃভায় মঙলান্দা নোংবাল মানা পিথাদোই !

থাদোক্লমঙৈ নীংবা কায় মাল্তী নঙ্গী হুংশিকোল,
কোয়ঙাওনঙৈ পোথা থি থেংনরুরে কুন্দোকোল—
শাৎলম্লেদো লৈরাং'ম তনৌ তমেং মিৎফম হূ
শীঁঙেল নদৌ নাশংলক— হাথি লৈনম পুক্লীং হূ !
মাল্তী মাবু হুংশিরুই, কদৌরুনি খোয়দারুই,
মঙদাররোই কদৌহুং— অরেম্বনি, খঞ্জরুই
মারুররোই মখোঙভম উর্ব্বশীগী করিহুং,
কোরৌ লৈরাং নীংথিবী শাৎলসমু কোরৌহুং !

কঁঙাওননা শৈরেং সেম শক্লুই লৈরাং নাপ্পদা—
নোংদম মাগী নোংদমখোল, পেল্লুরবোই তাবদা—
কুন্দো পরেং তনূলেং লেং থাথি ঙক্ত লৈপরেং,
শীথি পাউথুম হুংশিগী শৈরেং কয়া তনূলেং লেং !

হুংশি নংবু হুংদা চল্ অপাম মাবু পান্দ থোং
অপাম মাগী পোইরৈ ইন্ সারুরেদো জগোই চোং !
হেম্মোইনঙৈ অপাম্ন হেম্মোইনৈদো হুংশি ঐ,
হেদৌনঙৈ অপাম্ন হেদৌনৈদো হুংশি ঐ !

---

লেল্লক্লেদো পুন্সি কোঙ্গায় হুংশি ঐসে অস্থুম,
লাক্লবনি কুন্দো কোইজ পাম্মু ঐসে অত্থুম !
কাউদে 'হুবু কচৈ থম্মোই হুংশি নঙ্গী পূজা,
ফংজবদা মীরৎ নারৎ হুংথিল খঙদে নোংজা !
মৈচরনি কংছৌরনি কুন্দোকোন্সে হুংশি,
খোঙদারবা নঙ্গী কুঞ্জ হৌজিক অমুক ঐসি !
হল্লো হুংশি মাল্তি নংবু হুংশি হুংশি অত্থুম,
শঙহৌবগে কুন্দো নৈখোং ওল্লাং ওল্লাং অস্থুম !

হুংদা চেনবা হুংশি-ফক্ত চেল্লসন্থু হুংদা,
পান্দ চেনবা অপাম-গঙ্গা চেল্লসন্থু পান্দ—
কায়নরসি হন্দকমুক্তি হুংশি হুংশি অস্থুম,
তৎনরসি হুংশি নংবু পাম্মু পাম্মু অস্থুম !
উন্নসিকো হয়েংমুক্তি হুংশি-খোঙহৌমক্ত,
তিন্নসিকো পাম্মু নংবু হুংশি—শৈহৌমক্ত !
রারৌরন্থু হুংশি নংবু হুংশি নংবু বিদায়,
শাড়িরন্থুকো পাম্মু নংবু পাম্মু নংবু বিদায় !

কপ্লিবরা হুংশি নংবু, কপ্লি হুংশি নংবু !
কপ্লি ঐস্নু পাম্মু নংবু, কপ্লি পাম্মু নংবু !
থম্মোই অনী তুনা লেংবা তাশোন্নিনে বিদায়—
মাবু লঙবা থম্মোই 'নীদো লেংই থূন্না শেৎ কায় !
নঙ্গী চৈনা, চৈনা ঐগী অস্কানিনে অস্কা,
মৈচাক নঙ্গী ঐগী মৈচাক অস্কানিদো অস্কা !
কায়রসন্থু থম্মোই ঐগী হুংশি নংবু বিদায় !
কংলসন্থু লকা ঐগী পাম্মু নংবু বিদায় !

কপ্লগন্থু হুংশি নংবু, তোক্লো মাঙবা তারে—
হুংদা চেনবা প্রেম-ফন্তু ঈহৌরকপা তারে !
নঙ্গী পিনা ঈনোৎ হাপ্লো ঈহৌরক্লো ফন্তু
কায়বা থোক্লো থম্মোই-শাবল— হুংশি নংবু খল্লু,
হাথরনি কুন্দোবোন্দো— মাঙজরেদো কুন্দো !
মরাল করি লৈজদেদো, মুৎলো মাগী কোন্দো,
নীঁঙম্নোইদো হুংশি নংম্নু শামান্নবী মশুং
কপকনিদো পাম্মু ঐস্নু লৈপান্নবা ইশুং !

---

লাক্লি করি ঙসিদ কদোরুনি হৌজিক্তি,
কপ্লরিবা করিন্থুং কদোননি ঙসিদি !
থুপৎখ্রে পেনা হুংশিখোল লোৎখ্রে চৈজিং শরিকখোল-
করম নঙ্গী কুঞ্জদা শক্রুগনি হুংশিরোল !

মঙ্গী লৈরাং কবিতে, হল্লো হল্লো মঙ্গীকোল,
তারুরেদো নদাইদি নোংদমখোল্লোয় তাইবংকোল !
তাইবংকোন্দ চন্নদে মঙ্গী লৈরাং লৈপরেং
তান্নে লোইনা সনরিক হল্লো হুংশি লৈপরেং !

কায়রসন্থ থম্মোই অনী হুংশি নংবু বিদায়,
কংলসন্থ লকা অনী পাম্মু নংবু বিদায় !
বিদায়—
কবিতে—
বিদায়——— !

# শকই ইশৈ পোখাদে, লেপ্তে মিকুপ অমত্ত

অশৈবা অমা,

অশৈবা অমা—

পুদে মাদি লূগী তোঁগী হকচাং,
কোন্নরিদো ঐগা পুন্সি-লমশাং।

লোয়িন্নি হায়সি
নত্তে ঐদি নিংথোস্লু;
নিংথৌ সন্না লিকথাংস্লু ;
মরুপ্নি হায়সি
কোলোয়নদে কদৌন্নুং,
পাওমেন্নদে করিন্নুং ;
নত্তে কৌবা থল্লসি
থানঙমদে মিকুপ'ন,
তংনঙমদে শস্ফে'ম ;
অহুনিদ অদানি
খঙদে করি অমত্ত,
হংনরুদে নোংমত্ত ;
থঁভি মাগী হায়ববু অশৈবনি 'সিমত্তং—
শকই ইশৈ পোখাদে, লেপ্তে মিকুপ অমত্তং।

ইশৈদ শকই,
মাদি ইশৈদ শকই—
হরাউবগী শৈরোল কয়া কয়ানি,
শৈথাংনা অমুক কয়া কয়ানি ।
তুঙাইবগী শৈশক কয়া কয়ানি,
শৈহেক্লা অমুক কয়া কয়ানি ।
অরাবগী শৈওং কয়া কয়ানি,
শৈদানা অমুক কয়া কয়ানি ।
তুংশি মাগী শৈশক, ফজৈ মাগী শৈহেক—
তাবদা মুল্লি, মুল্লি হেক্ত তাবদা ।
খঙবদা রাগরাগিণী মপা লৈতে কনা'ম,
তালগী লয়গী মরমদা লৈতে কনা মপা'ম ।

নত্তে নত্তে লাল্লেনে,
রাপু অমা শোয়রেনে—
রাগ মাগী শায়োন্নি,
লাংলোন্নিদো রাগিণী,
তাল মাগী খোঙবুনি,
লয় মাগী খোঙলৈনি ।

তমেংলবা ইনুংগী চেক্লাখোন্দি লোয়বা,
ঈচেন্নবা লাইজগী লাইজখোন্দি মিরবা,

নোংঙ্গা কোইবা কনাগী বাঁশীথোঙ্গি মেঁঙবা
যৌবা নত্তে কদৌহুং,
ফংবা নত্তে কল্লিহুং
অত্তুক মতমজবনি — অফানবনি অফানবা।
হুংশি মাগী শৈশক, ফজে মাগী শৈহেক
ভাবদা মুল্লি, মুল্লি হেক্ত তাবদা।

জগোই হৈতে হায়নৈ ঐবু
সাবা লৈতে নোংমত্তবু —
অরানবনি অরানবা,
অরানবনি অরানবা —
পেনা লুদি থাদা থোং
চৈজিং য়েৎনা খিংনা খিং
ওয়না তন্ন খোন্থাং হাপ
অশৈ মাগী শৈশক্ত
চোংলুই জগোই হেক্ত পা।

সারক্লে জগোই কয়া কয়া পুন্সিহুং —
পলেম কৈরা তাজীল লাং,
খোম্লাং খোমজিল চৈরৈ হাং,
ওয়না খোমজিল নৈনা নৈ

য়েৎন্না ফিদোল চিংনা চিং
সারক্লে জগোই কয়া নাউরা-মণ্ডলান্দ।

শীঁ ঙেন্নিবু হায়ন্নিরা,
লৈরাংন্নিবু কৌসিরা
হুংশি-চেংলৌ মাঙদা থা ইশানৌবী প্যাম্বুবা
সারক্লে জগোই কয়া থংলেল-মণ্ডলান্দ—
করি নোংদা নোক্ক নোক
করি নোংদা কপ্প কপ
সারক্লে জগোই খোঙফম কয়া পুন্সিন্নুং।

হুংশি-পুক্কো চেংলৌশিং— থল্লাম্বনবা হংগী লাই,
শানৌ হুংশি মথূদোল—থম্মোই শিবা হংগী লাই—
শমু মাঙদা থানা থা
সারক্লে জগোই কয়া পন্থৌ-মণ্ডলান্দ—
করি নোংদা মোমোন নোক
করি নোংদা পিরাং চেল
সারক্লে জগোই কয়া কয়া পুন্সিন্নুং।

লেপ্তে মিকুপ অমত্ত—
শকই ইশৈ মহাক্ক
চোংই জগোই ঐহাক্ক।

কায়দে স্বুর মাগী 'মুক্ত
শোয়দে খোঙথাং ঐগী 'মত্ত।
হোদে তান্সু মাগী খিত্ত,
নৌদে খুথেক ঐগী 'মত্ত।

শৈয়িন সাবা জগোইনি করি করম হায়সিবা,
জগোই ইন্ন শকপনি করি করম খন্সিবা!

শকই ইশৈ মহাক্ন— ইশৈদ পঙশক্ত মশকই;
চোংই জগোই ঐহাক্ন— জগোইদ পঙচোংদ মচোংই
মিৎশুক্নদে কদৌন্নুং,
খাজিক্নদে করিন্নুং,
সারক্লে জগোই কয়া কয়া পুন্সিন্নুং।

শীঁঙেল লৈরাং শাগৈনা লৈরাং লৈশাৎ তন্ন তম
লৈরাং লৈকেন্নজবা উরবনি কয়া ঐ।
তাউজিং হৈরাং পূম্বনা হৈরাং হৈমুন তন্ন তম
হৈরাং হৈকেন্নজবা খঙলবনি কয়া ঐ।
তুম্মা পাইবা চেক্লাশিং য়াংদৌ শমজি তন্ন থাই
পোম্বি থাশেংনজঙ্গে মথম্মোইদি কায়না কায়
তেংথা নাওইনজবা তারবনি কয়া ঐ,
তরক খোঙফম্নজব উরবনি কয়া ঐ।
খল্লুদেদো নোংমত্ত য়ানি নোংম ইশরুক

মিংলু তরঙ তম্ন হৌ লুরেল ইকোক তম্ন লুক
লুপখিবনা ইথরায় কঁঙাওনবা জগোইদা
মুনখিবনা ইথম্মোই অশৈ মাগী শৈশক্ত ।

লৌরক্লে শৈরোই ঙসিদি অশৈবা—
য়ার্চঙে য়েংষ্ট কোরৌ অঙানবা,
য়েংনরে কায়দোং শাগন্তফাংবা,
খোংলক্লে হারি খম্মিন শৈরাংবা
য়ার্চঙো নংস্থ পারি নহাবা,
কৌরক্লে নংবু পলেম নমানা
যুগ যুগ খুদিং পলেম চাম্ম শায়োনবী
কংলৈ খোঙজীল য়ৈনা য়ৈনা নাউরোই খোম্লাংবী !

ভূমখুল্লুরো হৌজিক্তি পারি নংবু নহাবা
পলেম ফৈরা তাজীল লাং !
সারে ওক্লে জগোই ঐগা ফনা য়াম,
শক্লে ঐস্থ ইশৈ নঙ্গী ফনা শাং
পোথারুরো পোথারো পারিনিদ নহাবা,
পলেম ফৈরা তাজীল লাং !
কৌরক্লে নংবু পলেম নমানা
যুগ যুগ খুদিং পলেম চাম্ম শায়োনবী

কংলৈ খোঙজীল লৈনা পারি মমোম খোম্লাংবী !
য়াচঁঙোদা য়াচঙো পারি নংম্মু নহাবা !

করিনো জগোই অমুক সাখিগদবা !
কাউরে খুখেক শম্মু খুৎ,
কাউরে খোঙথাং শম্মু খোঙ,
হুংবংনরে উনবি থম্মোই
পিরাংনরে শম্মু মিৎলাং—
করিনো জগোই অমুক সাখিগদবা !

পন্দে মাদি অশৈবা —
শকথৈ শৈরোই পরিং অতুম হান্নই মতম ।
ঐদি কদায়, কদায় ঐদি —
চোংই জগোই ঐম্মু অতুম হান্নই মতম
হায়জিবা করম !
চোংস্রে অমুক শৈয়িন ঐদি হান্নই মতম
খল্লিবা করম !
লৈখোক লোয়বা লৈরাংনা তরোই তরোই লৈচু ওল
য়াচঙ ঈরা ঈফুজিন মতুনিদা পোন্ন পোন
মালং তান্থা পুসি কদায় পুঙমদ
পুরহুসি কদায় 'তুম্মু ঙমজদ

ঈগুবগুম তরোই তরোই তরোইবা মহকচাং
লৈশক্লিস্নু তরোই তরোই
লৈচুনিস্নু তরোই তরোই
লৈখোক্লিস্নু তরোই তরোই—
হৌজিক ঐগীদি—
তরোইবা জগোই তরোইবা জগোই,
শিরোয়নবা তরোইবা জগোই,
হুংবংনবা তরোইবা জগোই,
তরোইবা জগোই — তরোইবা জগোই।

কদায় মাদি অশৈবা—
শকথৈ পন্দে শৈরোই অহুম হান্নই মতম—
অশৈবনি মহাক্তি
ইশৈদনি মাগীদি—
তরোই সাবা জগোইনা কায়দে করি মাগী কা,
তরোই মাস্নু শকই 'হুম রাক্তে খোল্লে মাগী কা।
সারে জগোই ঐহাক্না মাদি অহুম শকপনি,
লেপ্লে জগোই ঐগীনা মাদি অহুম খোংবনি।
শৈরোই পেনা থাদা থোং মতোল ফেল্লপ লৈদা চীং
শৈরোই চৈজিং কাইদ চিং শৈরোই শরিক মিনা থিং
য়াচঙ খোল্লে তরোইবা য়াচঙ-খংগোল তরোই খোল

শক্লি শৈরোই হিক্ল হিক থম্মোইনিদ খোন্ন খোল—
"থবিনা তন্ন মমি শাম থবানা তন্ন মকা লাম
ঙাইরিয়ে নংবু মৈরা চম থরান্ন পরেং মকা লাম
খোৗরাংনা পলেম নমানা— য়াচঁঙো নংবু নহাবা !"
"সারক্লে জগোই ফনা য়াম
শক্লক্লে ইশৈ ফনা শাং—
তম্মুরো চংলো পলেম কা জগোইনা করম সারকপা !"
"তম্মুরো নমঙ হয়েংগী পলেমগী ফৈরা তাজীল লাং
কাজরো পূংদা হয়েং 'মুক সাজরো জগোই খোৗজাল লাং !"
ঙাইরেদো খোৗরাং নমানা তাল্লুরো তুমথুল নহাবা !"

লুপ্পি মদোম ইশৈদা,
মুল্লি মদোম শৈরোইদা।
অশৈবনি মহাক্তি
ইশৈদনি মাগীদি—
শকই ইশৈ পোথাদে, লেপ্তে মিকুপ অমত্তং।

# কপকনুকো মুংশি নং ঐগী পোলোই খোংফম উ

কাউরবরা হুমিন্তো মুংশি নংবু ঙসিদি
নঙ্গ ঐগা অহানবা মুংশি-শৈহৌনখিবা,
নঙস্সু ঐস্সু অনীমক মুংশি-খোঙফম্নখিবা !
মুংশি নংবু হুমিন্তো কাউরবরা ঙসিদি !

ঈচেঞ্চাদি অনীনা ঈহৌনরক তাম্ম তাম
ঈতিন ঈচেন্নবগুম মুংশি-ঈপাক তন্ন তম,
য়াংদৌ খোঙদিন্নরকপা মুংশি-মঙলান মঙনা মঙ
কাউরবরা হুমিন্তো তাঙ্খোরবা মংনা তাম ।

কৌরৌ নিংথৌকাবনি— নিংথৌকাবা হুমিৎনি ;
লৈপাক্পানি মতম্ন— হেক্তে লৈনা লৈকোন্নুং,
মুজা-লৈরাং নহাক্ত ঐগী থম্মোই লকান্নুং—
শীঁঙেল পোমশাৎনরকপা মুংশিরকপা মতক্লি !

মুংশিরকই হুমিন্তো নত্তে মুংশি মতমদো !
মুংশি নঙবু মাঙদা থা মঙ্খি মঙলোল মঙলান্দ,
উথি ফজ অপূম্বা মুংশি নঙ্গী চেংলৌদা—
তম্নম্নগে ঙসিদি লোইনা থম্মোই মপাউদো !

অরাবদি অহুবু— পাউদম থাবা লৈয়েংদা
নোংদম্বনা রাখল শোয় হুকপিরমন্দ্রে মিংফম্ম,

ফজ থিবা মিংফমদা পীনরমদ্রে লৈয়েং'ম—
থুঙদ্রে করম ত্তমগবা থম্মোই মাপী পাউদমদা !

ফজখিদ মতমদো হুংশি-চেংলৌ নশক্তম !
নুংঙী চেনবা নুংয়াইনা হেঞ্জবগুম নীক্লিক লাউ,
সনা ঈরী মঙান্ন মশা পুম্বা নীক্লিক লাউ
তথক্লবী নোংখাংম্না লেপ্পোই নীঙ্খি চীকপা তম !

কাঙ্গেল থাঙ্জ মায়থোংদা উক্ল খেংনা ফজবা
হুংশি নঙ্গী চেংলৌ উ খেজরিবোই নীঙ্খিদা !
চীক্ল হেনবা মেরা থা চীকচরিবোই খনখিদা
হুংশি নঙ্গী মায়থোং উ ঈংনা মেঙনা হেঞ্জবা !

হুংশি নঙ্গী মিচ্চি তেল— লৈগী তেম্নি লৈগী তেল ;
লোংজম্বনি লৈগী তেল হুংশি নঙ্গী মিকোয়হুং
শান্ননীঙ, ঐহাকপু হুংশি-লাইনা করিহুং—
নল্লবদা থোরোই 'তুক হুংশি নঙ্গী মিচ্চি তেল !

লমজাউ উরী নামিবী উকা য়োসি য়োঙমদ
লৈদা চৎসি চৎনীংদ তনৌ নেম্নেম উপাল তাং
নৌজরিবী হাইনা হুম মৌজবনা মহক্কচাং
হুংশি নঙ্গী শাথেক তম্র নৌজবনি খনখিদ ।

5448/Man.

শৈরোই

পোমশাৎনরে খুদিল তৌ লমথোইজবী থানদি
হুজা ওইবী নঙনদি থুপচিঞ্জনীং ইকাইজ
থাখুন্নজ শাগল থুপ মিৎনা কোইরু থাশেঞ্জ
শাথুপচবা শাওংদো নীংশিংলকই ঙসিদি !

উরীনদি নামিজ লৈশাৎনদি চরোং তম
পুজবদা লৈচরোং পুঙমদনা কোম্থজ
মপোক্কীনি থনখিদে ফজমন্না ফজজ—
কোঞ্জরিবোই নীঙ্খিদা হুংশি নঙ্গী শাথুপ তম !

থাংজীং চীঙ্গী নম্লোন্দ তলা পামেল উকা লাং
শাচ্চরিবা লৈহুংশি মেলৈ লৈস্না নোংজুম্পাল
লৈরাং মানা শাৎপা উ লোইবি চীংমায় চীরু ঙাল
খনখি হুংদা করিগী শাইচ্চ লৈনা নম্লোল লাং !

কুচু হেনবী নঙ্গুম্গী লৈরাং মানা হান্ন উ
শাচ্চরবা কিবা তাই তাইবং থরায় থোঙজীন্দ—
লৈচু শোয়রোই তাউথনি ওংজহৌগে চীঙ্গোন্দ—
তাখিবরা চীঙ্গী কোল খনখি হুংশি নচু উ।

কৌব চীঙ্গী লোকচপ্ত লোকচপ লোকলায় চীরু লা
হেঞ্জরিয়ে লৈহুংশি— চীঙ্গী থম্বাল উথম্বাল—

শীঁঙেল মানা শাংপা উ লোইবি লোকচপ চীক্ল ভাল
থনখি হুংদা করিগী শাচ্চে লৈনা লোকচপ লাং !

শাংলোই করি লোকচপ লাং শীঁঙেঙ্গাদি উথম্বাল !
লৈওং হায়রে লৈরাংগী হুংশি থাওং তম্বনি,
লৈচু হায়রে শীঁঙেলগী পাম্মু থাজু তাংবনি—
খনখি অসুম থম্মোই হুং হুংশি নঙবু মাঙদা থাল !

শেলোই লংমাই উকোন্নুং তলা পামেল উকা য়াল
নৌজরিয়ে লৈনুংশি থেক্ল খোয়না উরীরৈ
মালং কাইদ শউম লাং নৌজরিয়ে লৈনা লৈ—
খনখি হুংদা করিগী শাচ্চে লৈনা মীরম লাল !

হুংশি নঙ্গী শাথেক উ ফজবা থাপ্প তাম
শীঁঙেল মাগী শাথেক্কো মপোক্কীনি থাঙমদে ;
শানৌ কনাই শাথেক্কো তাংদাংবস্সু খঙজদে —
হুংশি নহাক লাকখিনি খনখি ওংজৈ উকোল তাম !

হুংশি নঙ্গ খোঙবু ওই খোঙফম্নৈঙে পুন্সিদা
হুংশি-মঙলাল তম্ন তম মঙলোন্নিস্সু কয়া নঙ
পাম্মু নঙনা মাঙদা থা থংলেল ঐনা তুংদা থং
থোকখিবস্সু কয়া'ম ফাওরকইদো মিৎসিদা !

ফজ নঙ্গী মফজ থকচনীঁঙু মিৎসিনা
মিথূম্ননা থকচৈঙে য়েংজনীঁঙকপনরা
নম্রে করি দৌরিবা থঙজনীঁঙুবনরা
মিচ্চি হাইরপ নোকফেৎলম নোঙ্মিনখি নহাক্ !

হেম্মোইনজৈ নখোঙথাং— নুংশি ঈপোম্নবা তাই !
হেদৌনজৈ ঐহাকস্মু খোঙ্গাপ চাউগান মাঙজৌনা
থাব্রাংনজৈ নহাক্না— তুম্বক্লবা রাহৈনা
নুংশি-শৈরেং পরেং সাই—নোকফেৎ নোকফেৎ নংন তায় ।

ঈপোম্নরম ঈথক কা নুংশি নঙ্গী থম্মোইনা
তনিক তনিক নহকচাং— পাল্লুরবোই নুজা-থা
হাইরপ য়েংলম মিচ্চিনা নোকফেৎ শেঞ্জ থুরূপ থা
হেম্মোইনজৈ হেন্নত্নম— য়েংজৈ ঐনা মিথূম্ন ।

লাকখি নোংজু কয়া'ম— নুংশি নংনা ঐবু কল,
পাম্মু নংবু ঐনা কল চোংমিন্নখি অনীমক—
ইশা ইশা কাউনখি নংস্মু ঐস্মু অনীমক,
নুংশি নংনা ঐগী থল রানা ঐনা নঙ্গী থল !

নুঙাইবস্মু অমনা অরাবগী চৈরক্ত
ফজখিদো হেন্নত্নম নুংশি-চেংলৌ নশক্তম !

শাচ্চরিবা থম্বাম্না মেরা থাদা লৈশাৎ তম
ইনুং লীক্লা তম্ন খাঙ সিননিদো খল্লিদা !

থাঙ্খি নুংশা কয়াসু— লাইজ ঈখৌ লাংবনা
কোয়ঙাওননা ঈশিং থি লাইজ ফংঙৈ তাঙন তাঙ,
লাংদশিম্ন অনীমক পোরোক পোরোক চাক্ল লাং
থকখো ঐদি খৌরাংদে ঈম্নখিদো নুংশিনা !

নুংশা মৈশা হক্ল লাং তরোই তরোই নহকচাং
নুংশা থীনি ঐনা কি ওয়না ফিরৈ চপ্প সা
পুঙমদনা চরৈ পু খোঙফমজ অকল সা
নীংখিখিদা লৈরাংগুম তরোইজবা নুংশা থাঙ !

লাকখি কয়া খাবা উন— রাকচীং থাগী উনখা চা
গোলাপ কৌবী লৈনুংশি খাঙজবগুম লৈচু শি
থাঙ্খি নুংশি নহাকস্থু চেংলৌ মায়থোং মায়ক্তিং শী—
ঈংজখিদা মায়থোংদো— কদৌরুনি মেরা থা !

লাক্লে নুংশি ঙসিদি য়াংদৌ লম্বী ফনা শাং—
নোংজু নুংশা মরোল য়াম চরৈ ফিজু ওল্লেদো ;
নিংথম খাবা উনখা চা হকচাং মরাক কম্মেদো—
লৈখোক লোয়রে কেল্লনি তাকচৈ লৈরাং লৈচু লাং

পুন্সি-কোরো ঙসিদি তমখ্রে নোংচুপ চীঙ্গী কোল—
নীঁ ঙমদন্না করিনো য়েংই নীংহল খুনীং কাঙ !
কাঙজৈ খুনীং কদৌনি লৈথরিয়ে নম্লোল লাং,
থিক্ত ঙায়রে য়োরনি য়াচঙ-লৈমা মশাইগোল !

লোইবি চীংমায় ওংবা উ তলা মাগী উকাদা
শীঁঙেল লৈরাং কয়ানা ওংজৈ তিন্ন লৈখোকস্মু
লৈশাৎ তমঙৈ তম্মিন্ন নোয়জৈ পূন্ন জগোইস্মু,
লৈরোইনজৈ অতুবু মদোম মদোম তোঙাল তা।

নুংশি থম্বু থমখিসি রাফমসিমা অম্মুম্মক
লৈকা খাত্রাং ওংজবা লৈরাং 'নীদা অমা কেল,
তরক্লজ অমনা পুন্সি মাগী রানা লেল
লৈরোইজবা উরেদো রানা সানা অতুম্মক !

চেক্লা তূম্মা পাইজবা চাগোক্নদা ওংজবা—
নাম্ম হান্ন শেক্তোকপি নোংদম থীবা নোংদম্ন
তরক খোঙফম্নজবা কপ্ন লাউনা নাম্মনা
নাইতোম্নিদ রানা পাই উরে পুন্সি লোইজবা !

লৈখোক লোয়শিল নোংমনোং লৈচু লাংশিল অস্নম 'স্নুম
লৈরোই লাক্লে ঐহাক্কী তাকচবগুম লৈরাংনা

হুংশি ঐসু নহাকসু পুঙমদ্রবা হকচাংনা
পুন্সি পোলোই খোম্মনি লাউশিল্লকই অসুম 'সুম !

শাঁঙেম্মনা হান্ন :কল লৈরাংমনা কোহেলোজ
কেন্সি কদায় মতম লৈ কেনখিন্নুসি লৈখোক লোয়
তরক্লজ লৈপুন্সি খাঙজবদো হুংশিরোয়
নংলা ঐরা অমদা খোক্লরনি কোহেলোজ ।

চাউদম শাংদম উজাউনা নোংলৈ শাফু খাঁঙমদ
মালেম য়াহিপ্পবগুম হুংশি ঐনা তাবা থোক
পাম্মু নঙ্গী নমাঙ থা থম্মোই নঙ্গী শোক্ল শোক
কপকন্নুকো পাম্মু নং কায়ন-মৈচাক পুঙমদ !

চেঙ্গুপ শীথি মিকোয়নুং উগে কদায় উঙমদ,
হুংশি-চেংলো নশক্তম শমু নাক্ত লৈনা লৈ.
থম্মোই মাগী অরাখোল ফোংদোক্লমগে ফাখি লৈ,
রাগনিকো কপকন্নু কপমিন্নসি কপঙমদ !

লাক্লবদি হনবা তাই শাংলবদি কম্বা তাই—
হুংশি হুংশি কায়নবা পাম্মু পাম্মু তংনবা
মালংচংনি মালংচং— মালংপানগী লেঙদ্রবা ।
লৈশাং তম্ব লৈরাংদা লৈরাং কনা কেন্দে তায় !

হুংশি নংনা কপ্প তা রানি ঐবু খোঙশানবা—
থম্মোই নঙ্গী কারবা তানা তানা মপাউখোল
থরায় নঙ্গী চাক্রবা তানা তানা তেংথাখোল
রানি ঐহাক খোঙশানবা, রানি ঐহাক খোঙশানবা।

শিন্থৌ পিদ মশিন্থৌ – থম্মোই মাগী ধর্ম্মনি—
কপ্পদদি কপকন্নু থম্মোই মপাউ তম্ন তম
খোঞ্জেল থোক্ল মৈবা চিং— নোংদম মাগী মপাউ তম।
শিন্থৌ পিদ মশিন্থৌ – থম্মোই মাগী ধর্ম্মনি।

শিবা কৌবা লাইহুদি নুংথোকপনি মথম্মোই—
হুংশি নংনা ফনা কপ পেংলোই মাগী মথম্মোই।
পাম্মু ঐনা ফনা নোন কদৌহুংদা কনবিরোই;
নুংদা ঈশিং চাইবদা করিহুংদা পেচ্চরোই;

কপকন্নুকো হুংশি নং ঐগী পোলোই খোঙফম উ,
রাগনিকো থম্মোয়সে পাম্মু নঙ্গী তেংথা তা।
ঙম্মোই হুংশি খোঙশানবা পাম্মু নপাউ তানা তা,
কপকন্নুকো হুংশি নং ঐগী পোলোই খোঙফম উ!

# মিংথৈ 'মনা কৌই হমা অমুক 'মনা

ফজৈদকো ফজবি ফজজবী ইতালোয়,
ফজ নঙ্গী মফজ করি মফজনোনে !
ফজ মানা শায়োন তৌ উংকে মশাই মফজ
পোক্লরব্রা নহাক ওই— ফজমল্লি মফজ !
লাইনা থাবা ফজনাই মিংকী লৈয়েং পাল্লবা,
শৈরোল শৈশক স্নুরবা লৈগী মিংফম হুক্লবা
তান্ন তান্ন অনীনা নঙ্গী শৈরাংজরবা,
ফজ নঙ্গী মফজ ঙম্লমগদ্রা থাজবা !
ফজৈদকো ফজবি ফজজবী ইতালোয়,
ফজ নঙ্গী মফজ করি মফজনোনে !
ফজরম্নি খন্দে 'স্নুক ইন্দ্রই তালোয় শকহেনবী,
শিবই তালোয় নীংথিবী উমা সনা চাংজ্রোইবী !

মালেম লৈকোয়পুংসিদা ফজ কয়া ওঁইদো—
শানাপ্নবী ঙাক্তুনি হুজ্ঞা নঙ্গী নপিজা !
থরো থম্বাল থারিকথা হেঞ্জরিদো লাইজকোল,
যাতি যুতি মালতি ঙাঞ্জরিদো লৈগী কোল।
হেঞ্জ মানা শায়োন তৌ নৌজ মানা লাংলোল তম
শাচ্চরিবা য়েংও লাউ মালেম পূংদা লৈশাং তম
থকচহৌরো নীংথিবা নমিৎ থূম্ন ননীং তম

য়েংজহৌরো নীংথিবি নীংথি নঙ্গী নশক্তম !
নৌজৈদকো নৌজবি নৌজজবী ইতালোয়,
নৌজ নঙ্গী মনৌজ করি মনৌজনোনে !
লাইগী লৈরাং পারিজাত নৌরমগনি থন্দে 'স্নুক,
লৈশাং তমঙে লৈরাংনা হেল্লমগনি নীংদে'স্নুক ।

লৈরি অতৈ কয়াম্ব রাত্তে ফজ্জ নশাগৈ—
শীঁঙেল-শম্লাংনজবী লমজাউ ওংবী উরীরৈ,
কৌব লোম্নায় হেঞ্জবী চীঙ্গী থম্বাল উথম্বাল,
থাংজীং চীঙ্গোল ভাঞ্জবী মেলৈ লৈস্না নোংজুম্পাল,
শেঞ্জীং চীংমায় ওংজবী চীঙ্গী লৈহাউ চীংথরাউ
কাঙ্গী লৈহাউ লৈনুংশি সোম্নরিবা লৈবাক ফাউ
শাংলুরিবা নাথৈনা শীঁঙেন্সিংনা তাম্ন তাম
থঞ্জে নংবু ইকাইজ থৈখিবনি অস্নুক তাম ।
নীংথিদকো নীংথিবি নীংথিজবী ইতালোয়
নীংথি নঙ্গী মনীংথি করি মনীংথিনোনে !
তিলোত্তমা নীংথিবী নীংথিরম্নি থন্দে 'স্নুক
ফজ্জ মপোক উর্বশী ফজরম্নি নীংদে 'স্নুক ।

নীংথি নংবু য়েংউনে শাথেক নঙ্গী উরীরৈ—
মালং তাম্বা পোইরৈ য়েং জগোয়রিবা লৈনা লৈ
থেক্ক খোয়না লৈনুংশি তলা নুংশি উকা য়াল

নীংথিরিবা কয়াদ লমজাউ লমথৈ লোইনা ঙাল
ফজ মাগী লোয়িনবা মিংফম খুদিং লোইনা শুম
সাজরিবা থেক্ক খোয় শীঁঙেল শন্নাং হাইনা হুম ;
অমুক্কস্ত য়েংউনে লাঙ্গোই য়াচু মানবা লৈ
কোব চীঙ্গী চীংলাইপক মদোম চিপক ঙানবা লৈ,
কোলোয় মাগী উথম্বাল— লোইবি লোক্ত মমি উ
মদোম শক্ত মদোম মুন হাইনা হুয় পুক্নীং হূ
হুংগাউজরি মঙগাল মঙ্— শীঁঙেল মাগী শক্তম পু
নীংলিবোইদো উমানা শিব শায়োল কোবরু !
( কয়া নীংথিজরিবা যোগ মপাউ চেল্লিবা
মঙলান্নবা তাইবংদা শান্তি লন্বী নীংথিবা ! )

হন্দক্নুক্তি ওল্লুনে থাংজীং চীঙ্গোল মায়গৈ পাং
উব্রা লৈসে আদগী শাচ্চরিবা উকা তাং
মেলৈ লৈস্না নোংজুম্পাল কদাম্বদি লৈনুংশি
কোলোয়নৈদো রাঙ্গনা লৈরাং মাবু লৈনুংশি !
সনা পূঙ্কো লৈরাংদা লৈয়োল খেমজি কাপ্লিবা
ফজ নওবু য়েংউনে কয়া নীংথিজরিবা !
নত্তে নত্তে লৈরাংসে চুন্ন অসুম নীংথিবা—
চেক্র ওইবা নোংবান্ন কালেল খুদিং লাক্লিবা
মহাকথংনি লৈরাংগী— ঙাঙোই লৈমা শক্তম্লি ।
শামান্নবী ঙাক্তনি হেঞ্জ নঙ্গী চেংলৌনি !

হেক্তৈদকো হেঞ্জবি হেক্লজবী ইতালোয়,
হেঞ্জ নঙ্গী মহেঞ্জ করি মহেঞ্জনোনে !
শীঁঙেল পোম্বু পোম্মুদা লৈরাং তোমশাংনজবী
হেঞ্জ মাগী মঙান্দুম তাত্র খঙদে হেঞ্জবি !

অরাবনি খন্সিরা শুঙাইবনি লৌসিরা
লাক্লি রাখল মমি 'ম ফজ্জ নংবু তাবরা !
লৈপান্থানা লোইবরাই হেঞ্জরিবা লৈরাংশিং
কমগনিদো লৈমল চল মতম মানা তন্ন শীং !
লৈশাত্তবু তম্নবা লৈরোই পাউজেল ফংনৈদো
"লৈচু ওল্লো লৈরাংশা !" মতম মানা চৈথাইদো
শীঁঙেল মানা হেঞ্জবা নোংমত্তনি নোংগত্ত
ঙমজদেদো করিন্নুং লৈথজবা নোংমত্ত !
উনখা চেনবা খূবাংগা মতম মাগী তমথিবা
হিংদে কনা কদৌন্নুং শোক্লবদা হুপ্পবা !
'হুবু নঙ্গী কাদদি মায়খী কিরুক খুম্মেদো
তৌঙমদবা লৈত্রখা তমথিরবা মতমদো !

নোংম লৈপান্থাদনি ফজ নউ লিংখিবা,
কুমওল কুমশিং থাঙমদ্রে কুম্লাং মানা কুমওনবা !
কল্লক চাউবা হায়সিরা তমথিববু কৌসিরা,
খঙদে মাগী মতৌসে ফজ্জ নংবু তাবরা,

য়েংশিল্লকপা নঙ্গী কা নোংমতবু লেপ্লুদো,
নোংমই বাদি থমখিসি মিকুপ মফাও তোক্লদো —
( ওঃ কল্লিদা নথম্মোই মতম কৌবা চৈথাবা
সিনা ওইরে নহাকপু কৌনরিবা তমথিবা ! )
চিকচৈ মানা কদৌনি. লৈবাংদবু ঙম্বনি
মমায় মাগী শুংবদে — থাঁন মাযথুরবনি !
চিক্লে চিক্লে মফক্তৈ ফজ্জ নঙ্গা মফজ.
শল্লে লৈচু মহৈক্তৈ হেপ্প নঙ্গী মহেক্ত !
নীংথিদকো নীংথিবি নীংথিজবী ইতালোয়,
নাংথি নঙ্গী মন, থি বরি মনীংথিনোনে ।
লৈশাং তমগৈ মদোম তম লৈবম স্নুন হেনখিবী
নীংথি মাগী মঙাংদো তাবা তাইদা নীংথিবি ।

মেবা থাদা লৈশাং তম শাখজবা থম্বাল উ
চাইদে লিক্লা মতম্ম ফুইনা ফুইনা মাগী হু
“কম্মো লোইরে লৈপাক্লা ।” ফজ্জ মাগী ফজমল
লৈত্তেং ওইনি লৈবাংকা চোক্লে মাগী থঙদমল
লিক্লা স্নুন স্নুনগা অস্থুম অস্থুম নৌথরক
কোলোমনক্তৈ লৈকুংশি চেংলৌ মাগী ত্থুংশিরক ।
নিন্দুং তিঘ ঙানবা থ মেরা থাগী মাকমৈদা
ঈংনা চক্র থম্মোই খোল নোংঙাল্লমদাই মতমদা-
খঙদে কল্লকপনরা থাজ্জ মাগী মহেক্ত

নক্রে য়েংথিবনরা ঈংঙ্গ মাগী মঙ্গৈংঙ্গ
থুম্বি কিরুক নোংফাইগী মতম মানা তমথিবা,
ময়োল অমুক লৈচিলগী পেন্দমাল্লে শাথিবঃ—
নোংফাই চার-চারগা রাশি অসুম হেঙ্গৎলক
লৈচিল থাংল-থাংলগা চেংলৌ অসুম হুংশিরক
নিন্দুং থাজ থাঙ্গুংশি কৌনৈ তাইবং পুম্বনা,
মেরা থাগী থাঙ্গুংশি শক্লে রাক্ল থিবিক্ল !
অসিনিদো ফজবি ঙসি নঙ্গী মফজ,
অসিনিদো হেঞ্জবি ঙসি নঙ্গী মহেঞ্জ !
লৈপাক্লাগী কুমজিন্দ লৈশাৎ তম্বী লৈরাংদো
ফজজনা পোকচমল অতুম মফজজেদো !
কুম্মোই ওংবী লৈরাংস্থ অতুমণ্ডায় ফজৈদো—
কুমজিনগীনা থেংক্লেদো কুম্মোইগীনা ঈংক্লেদো !
অরাবগী শৈশক্ত থম্মোই মানা লুপচৈদো,
হরাউ শৈরেং তারগা পুক্লীং মানা লাঙক্লেদো !
থেংনা ফজ' মফজ শমু মিৎকী কুম্মনি,
পুক্লীং মাগী হেদৌনি—পুক্লোয় থরদগীনি !
ঈংনা ফজ মফজ থম্মোই মাগী থম্মোইনি,
থরায় মাগী থরায়নি—পুন্সিগীনা অমৃত নি !
অসিনিদো ফজবি ফজ নঙ্গী মফজ,
অসিনিদো হেঞ্জবি হেঞ্জ নঙ্গী মহেঞ্জ ।

ফজৈদকো ফজবি ফজজবী ইতালোয়,
ফজ নঙ্গী মফজ করি মফজনোনে !

ফজ নঙ্গী ফজ উ মুন্ন মুন্ন অস্থুম য়েং
রাহং অমা ফাওরকখি অস্থুম অস্থুম চিংনা য়েং
কনানোনে হুজাসে ঐগা তালোয়নরিবা
করি অস্থুক চেংলোনা মাগী নীংথিজরিবা !
তাল্লুদেনে পাউখুম খক থুম্বিনিঙাই লৈত্রবা,
থুপখি অতুম রাহংদো থম্মোইকোন্দ থুপ্লবা —
তাকচদরা কোংগোন্ন তুমিন অতুম লাইজকোল,
মুচ্চদরা মালংনা তুমিন অতুম কোরৌকোল !
ফজ নংবু তাবরা থংলেল ঐগী ইপাউখোল,
তমগে তাউনে ফজবি মঙলান 'মগী মপাউখোল —

"নোংম কৌবা নোংগী রানি নোংজা ইচিক হুল্লে,
জীবজগৎ লোইনা তুমখি অচিকপনা পাল্লে !
নোংফাইলক্ত হেল্লি থাজ চিক্ল নোংজা তিয়া,
হীরা মকুপ ইরং ইরং চাইরি লৈদা তিয়া !
তুমিন তুমিন থরান পরেং পুরি মৈরা থোগল
নিঁনিঁনরি কৌজেং হারৌ চঁঙি থম্মিন থোগল !
হুরি পুক্লীং ওম্মি থম্মোই ইচিক্লবা নোংজা,
লাংই ঈখৌ খঙদে করি ঙসি কৌবা নোংজা !

থমজৈ মিৎফম থাজ কাদা য়েংজৈ চিংনা অস্মুম
থকচৈ নোংইন থাজ 'মৃত পেন্দে থকচৈ অতুম !
মুনখি থরায় মঙ্খি মঙলাল মঙ্খি মঙলোল অমা —
লৌরকপগুম তৌখি থাজ মুজা শক্তম অমা !
য়েংখি ঙক্ক অস্মুম ফজ উখি নঙ্গী শক্তম,
তরু তরু তহেন তহেন তগুপ তরেং 'ঙান তম ।
ঙক্ক ঙকখি য়েংখি ঙক্ক ওনখি তন্ন শক্তম,
কনাগীনো হন্দক্কানা য়েংখি মুন্ন শকফম ।
ময়েক তন্ন শেংজরকখি তপ্ন তপ্ন অস্মুম
তরু তরু তরং তরং তঙান তঙান অস্মুম !
হৌখি খংহৌ পিগী ঈহৌ উখি পলেম চেংলৌ
শেংখি মখোঙ মিৎকী পিনা কৌখি ইমা খংগৌ !
তাখিবগুম তৌখি তন্ন জংশি গোর 'মতুং
"মিংখৈয়াম্বী নমা ঐনি খঙজো নিংথৈ 'নীদং,
মিংখৈ 'মনা কৌই ইমা অনুক 'মনা তালোয় ।"

---

# নংসে নুপি ইমানি ইমা

নুপি,

খঙজবরা নহাকপো
নশাগী নশক,
নশাগী কোলোয় !

ইমানি ইমা,
ইমানি ইমা !

মানি নংসে নুপি
মপু মাগী মঙলান,
মঙলান মশামক
তাইবংদা থোকপা— নুগী তৌগী হকচাংদা !

নত্তে নংদি নুপি,
অশৈবগী মঙলান
সুরদা পানবা— হাইরপ মমিদ তাবা !
লাইয়েকপগী
লৈয়িদা তাবা— হাইরপ মমিদ লাকপা !
শৈরেংবগী
শৈরেংদা তন্থ— হাইরপ মমিদ ফাওব !

নত্তে নংদি মমি
অতৈসিগী মতম—
মঙলাল মশামক্তি মশামক,
মঙলাল মশামক্তি মশামক—
মপু মাগী মঙলাল,
মঙলাল মশামক
তাইবংদা ফাওবা—লূগী তোঁগী হকচাংদা !

মানি মপু মাদি
মঙলালগী মশক ;
মানি হুপি নংনা
মঙলাল মাগী মঙলাল !
থারুগনি করম
রাক্ম কনা শৈশকপা
হুপি নঙ্গী নতিক নগুণ !
শক্লুগনি করম
মঙলাল মাগী মঙলাল !
শকে 'হুবু ঙসি কোবা নোংসিদি
রাক্ম ঐবু শৈরোম্বা
হুপি নঙ্গী নতিক নগুণ—
নহাক্কী নশক

নহাক্কী কোলোয়
মৈনা রায় তাংনা শম !

মপু মানা এহেল্লৌডে
য়াওল তমগে থৌরাংঙৈ
মখ্যি মণ্ডলাল হীরি কোল,
তাখি মিৎয়েং থম্মোইকোল !
লৈগী কোন্দ লৈশিংনা হেঞ্জবগুম লৈশাৎ তম,
হৈগী কোন্দ হৈশিংনা নোঞ্জবগুম হৈপাল তম্,
ঊখি গুণগী মপৈনা ভাঞ্জরম্ব মণ্ডাল তম !

শীঁঙেল পোম্ব, পোমজদা লৈরাং লৈশাৎ তম্ফবী,
ভাউজ্জিং তম্ব, তমজদা হৈরাং হৈপাল তম্ফবী ;
হৈরম শুনা পানঙম্বী,
লৈরম শুনা শাৎঙম্বী,
ভাইবং মৈরিং শীংওইবী
তাইবং লিন্থুই ওইফবী
রাশিনা থোগাই পুজবী
গুন্ন লালুপ কাজবী
চেংলৌ শক্তম হুংওনবী
হুজা লৈরাং শকহেনবী
খল্লুরবোই সেম্মগে মপু মাগী উনগোইহুং

ফজবগী ফজ

লূজবগী লূজ

হেঞ্জবগী হেঞ্জ

নোজবগী নোজ

মেঙজবগী মেঙজ

থোচ্চবগী থোচ্চ

ঈংজবগী ঈংজ

নীংথিবগী নীংথি

হুংশিবগী হুংশি

নীংজবগী নীংজ

শেংজবগী শেংজ

মপু মাগী থম্মোইগী গুণ

অরৈবা অনৌবা অপূম্ব গুণ

লোইনা তাথোক লোইনা তিল

কিরুরবোই নোমল্লে অমুক তন্ন থম্মোইহুং—

লৈরাংনা লেপ্সি কদায় লেপঙমদ

শীঁঙেন্ন য়ুংসি কদায় য়ুংঙমদ

থুক্ল্ুরবোই রারনি হুজা গুইবী পুন্সিহুং

থাঙহৈবগী থাঙহৈ

পুহৈবগী পুহৈ

থাহৈবগী থাহৈ

পীহৈবগী পীহৈ

য়োয়হৈবগী য়োয়হৈ
নোঙ্কৈবগী নোঙ্কৈ
মপু মাগী থম্মোইগী গুণ
অরৈবা অহকপা অপূম্ব গুণ
লোইনা তাথোক লোইনা য়াল—

মঙুথখি মঙলাল মঙলাল'মা
মখি মঙলোল মঙলান্দ ;
মঙলোল মঙলোল অসুম মঙ
অসুম অসুম মঙলোল মঙ
উথি লুংদা শক্তম 'মা—
লৈরাং মানা হেক্তৈ— মহেক্তৈ শক্তম মানা মহেক্তৈ ,
তাউজিং মানা নৌক্তৈ— মনৌজৈ চেংলৌ মানা মনৌজৈ
পেঙ্গখিদো উবদা মঙলাল মানা উনগোইমুং—
"শানৌ নংবু হেঙ্গরো,
মালংপান্দ ঙাঙ্গরো,
মালং নোংলম সেম্মো লাউ
তমগে কোলোয় নঙ্গী ইমা !"
মপু মানা চীঙ্গোইডৈ হেনখিবনি মুপি নং,
ঙানখিবনি মালংদা !

মুপি,
পোকখিবনি নহাক্সে এহেলৌ ইনুং ঙানবদা ;

নত্তে

ঙানখিবনি ইন্নুংদো হুজ্জ নংনা হেনবদা !
শানৌ নঙ্গী শন্ডম ফং পুক্লীং তুজুং হেদৌ কা
তমখিবনি মতম্না য়াওল খোঙফম নোহৌনা ;
পোকখিবনি হুমিথা !
হুরা নশেক নঙান্না থোকখিবনি তিয়াদা
থরান্নিচাক পরেং পরেং—
লেংখিবনি মণি পরেং
তগুপ তগুপ তরেং তরেং !
মোম্নু নচু নমেন্না
লৈরম শুনা লৈশাং তম শাংখিবনি লৈরাংশিং
হৈরম শুনা হৈপাল তম পানখিবনি হৈরাংশিং !
মুহু নঙ্গী সোরনা
য়েনখিবনি লৈরাংদা,
হাপখিবনি হৈরাংদা
হৈনম লৈনম হুংশিবা !
নহু কাইনা লিশিংনা ওইখিবনি মালেমদা
তলা পামেল পরেং পরেং
হেঞ্জরিবা চাউদম রাংদম,
তলা মাগী উকা য়াল নৌজরিবা উরীশিং !
নঙ্গী খোল্লৈ খোন্থাংনা পোকখিবনি উকোন্নুং
হরাউখোল্লোয় শৈশকপা চেক্লাকোন্দা চেক্লাশিং !

নঙ্গী শাওং শাথেক্লা থোকখিবনি চীঙ্গোম্নুং
হেন্দৌ হেরাউ থোশাবা য়ারোকোন্দা য়ারৌশিং !
নঙ্গী হুমাং মরীক্লা ওইখিবনি জীবশিং—
কৌজেং কৌয়া মালংপাল, লাইজকোলগী লেম্লৈশিং !
পোকখিবনি নরাক্লা লেংই-পাল্লি অপূম্বা,
অচৌ, পিশক খিবিক্কা অচচ্চত্ত লোইনবা !

কংলৈপুংদা তন্না কূম লূগী তেঁাগী হকচাংদা
পলেম চাম্ম শায়োন তৌ যুগ যুগ থুদিংদা
পারি নমোম থোল্লাং ইন কংলৈ থোঙজীল য়ৈনা য়ৈ
ঙানখিবনি হুপি নং নমু তাইবং মীরাকোল
ঙাঞ্জবগুম নহাক্লা কোরৌ রাংলৈ থম্মুংকোল
শক্তিক থবা হুমিথা থরান শাগৈ য়ৈনা য়ৈ !

হুপি,

মঙলাল ওইবা মপু মাগী নিংথিজবী মঙলাল,
খঙলবরা নহাকপো ঙসি কৌবা নোংসিদি
নশাগী নশক,
নশাগী কোলোয় !

মানি নংসে হুপি,
ইমানি ইমা,
ইমানি ইমা !

# খঙনা খঙনা অদুবু কুইর-কুইর মমম্মি

শক্তম অমা,
শক্তম অমা—
  নুজা ওইবী শক্তম্মি,
  লুগী তেঁাগী হকচাংনি।
নুজা মাগী খোয়জি লাং মালেম খোঙদারকপনি,
পুন্সি এহ্লৌ ইন্নুংদা চেংলৌ শকখঙজবনি।

লূজৈ লেমজৈ শক্তমদো,
হেজৈ ফজৈ চেংলৌদো—
  পেন্দ্রিদ থম্মোই ঐহাকী পাউদম,
  তাদ্রিদ মমি নুজাগী শক্তম—
লূজবনা হেনখিদ লূজরবা শক্তমদো,
লেমজবনা থোইখিদ লেমজরবা চেংলৌদো!
নাউরা ওইবা লৈয়েংনা খৎপনিদ হৈরবা,
নাউরা ওইবা মিংফম্না ফজ তক্লা খঙলবা
শক্লমগনি খোম্থাং হাপ—
ইন্নুং ঈরা ইপাল লোক লাইজনিদ ঈফূজ
মঙাল লংলম তরেংনা সনালোক্ত সাবা ফি
মশেক মচু তরেংনা তগুপ ফিমায় হৎপা ফি
মঙাল সনা ফিগেনা সনা হকচাং লৈতেংজ

হেঞ্জবগুম চীঙ্খোনা সনালোক্কী লোকচীন্দ
"করি কিবা ইমা লৈ" মোমোল্লবা থূবাং উৎ—
হেঞ্জে ফজৈ চেংলোদো নুজা ওইবী শক্তমদো—
শক্লমগনি খোম্থাং হাপ।

থাশিরমদাই অহিংনা নোংঙাল্লমদাই মতমদা
মুশিনবা লৈচিন্দা মুথাংনবা নোংক্কাই ফেল
নিন্থুংনবা থাবল কাপ ঈরা কেঁাগোল ফিজীল চেল-
নোংচুপ চীঙ্গী চীঙ্গোম্নুং লুপারোক্কা সাবা ফি
কব্রং ফিমু অহেনবা লৈমনিংথৌ নমথাং ফি
শমু নমদা তম্ন থোং লুরেল কোক্তি তম্ন খুম,
চীকচবগুম নোংজানা মালেম য়াইফ হীরি কোল
লাক্কদোবা ইনুংগী থাজরোক্কী লোকচীন্দ
তূমখুল্লিবা মচাশিং চেৎনা কোঞ্জ থাম্নুংদা
চীকচৈ লেমজৈ শক্তমদো নুজাওইবী চেংলোদো
শক্লমগনি খোম্থাং হাপ।

ভারত কংলৈ মশুংলাং খোম্লাং লাইজ্জ তরং হো
ঈচেল তূফাং ঈকাম্না মায়গৈ ফিশেৎনরিবী
নন্দাদেবী চীংনুংশি হিম মমোম শকহেনবী
হেঞ্জবগুম চীঙ্গী কোল সনা ঈরী ঈপোম হো
ফজজজৈ শক্তমদো নুজা ওইবী চেংলোদো
শক্লমগনি খোম্থাং হাপ।

এহ্লৌ ইন্নুং ঙানবদই অরা কোকখোং লুদা খোং
অনং পোচ্চাউ নমদা পো অরা খোঙকয়রকপী
কুমজা খুদিং মহ্লৌনা তাউজিং হৈরাং হৈহোঙবী
শীঙেল লৈরাং লৈহোংবী চীন্দম ফৌরাং ফৌদঙ্গী
মশাই ঈরা ঈথাই তম মালেম লৈকোয় চাকহোঙবী
মালেম লৈগুম নৌজবী অরা মৈশা থোংনা থোং
নীংথিজজে চেংলৌদো নুজা ওইবী শক্তমদো
শক্রমগনি খোম্থাং হাপ।

য়েংজে নাউরা ওইবা মিং চিংনা চিংনা ইঙক ঙক
নুজা ওইবী চেংলৌদো নীংথিজবা শক্তমদো—
শক্লোল মরোল অস্নুম উ মুন্না মুন্না অস্নুম য়েং
নীংথিবদৈ নীংথিবা ঙকপদগী ঙক্লবা
থুক্রুরব্রা ইথম্মোয়, নুঙাইরুব্রা ইবুঙ্গো—
খঙদে করি হায়সিবা কৈদগীনি খন্সিবা
অস্নুম অস্নুম পেজরক চিংনা চিংনা অস্নুম য়েং
কপচৈ হঙা মিপাইরক নত্রে নুঙাই ঈহৌরক।

"ইমানি ইমা -"
"ইমানিনে ইমানি পারি নংবু চাউদ্রিবা,
করিদৌবা কনানা ইমাইবুঙো নুংশিংবা !"

কোনবি চেজেং থাম্নুংদা “ইমা লৈনা ইমা লৈ!’
কোলোয় ন্নুংশি মপান্ড তা লুমজৈ ঐগী ইমা লৈ
খঙজৈ হুজা মহাক্তো ঐবু পোকপী ইমানি—
খঙনা খঙনা অন্তবু কুইর-কুইর মমল্মি।

# খঁঙুদ্রে ইমা মণিপুর হুংশি নশক্তম

খঁঙুদ্রে ইমা মণিপুর হুংশি নশক্তম,,
রারৌহু পলেম নপারিদা তোল্লবনি ঐ !
সোল্লনি ইমা হুংশি কোলোয় খঙলে নচা ঐ,
লাংলনি ইমা থম্মোইহুংদা হুংশি নশক্তম !

খল্লুরে ইমা নংবু লান্না লান্না খল্লুইদো,
কোন্নিদো লৈগী লৈশীবিনা রানা সেমজবা !
ইরমদম্নিদো হুংশিজনা ঐনা খঞ্জবা.
খল্লুরে ইমা নংবু লান্না লান্না খল্লুইদো !

লূগী তোঁগী হকচাংদা হুংশি কোলোয় অমা থোল
"ইমাইবুঙো হুংশিবা" পলেম নংনা শেল্লিংঙৈ,
কোয়না কোয়না শেন্নবি থৌজাল তত্ত লাংলিংঙৈ
খঁঙুদ্রেকো শায়োন্নি—থৌজাল নঙ্গী নশায়োল !

যমুনাগী চাংজোদা পানীঘাটকী তোরৈনুং
লিক্লাং মতম চোইনা তা পলেম নংনা থুপখিঙৈ,
লৈরাং মতম লৈকেঞ্জ ইমা নংনা মাঙ্খিঙৈ
লোইরে হন্দক্লিমগী কপচরুইদো থম্মোয়নুং।

হল্লরোইদ কদোম্নুং মণিপুর লৈকোয়দা
ফনা তুংশি কদৌনি প:লেম মাদি লৈতনা—
পলেম কায়নমৈশা লাং থল্ল,ই তুংদা নচানা
পলেম নংবু রারৌতু মিরায়রুরে খঁঙু দ।

খঁঙে ইমা ঙসিদি তুংশি নঙ্গী নশক্তম—
যুগ যুগ খুদিংদা পলেম চাম্ম শায়োনবি
কংলৈ থোঙভিল রৈনা পারি নমোম থোম্লাংবি
খঁঙে ইমা নহাক্লি—খঁঙে তুংশি নশক্তম!

তুংশি চেংলৌ নশক্তম লাচ্চরনি লকানুং
শকচরনি নথৌজাল শৈরেংনিদ পরেং লেং!
কোলোয় মিংলেল তুংশিবা সোঞ্জরনি ম্মোই .শং,
মমজরেরোই নচা ঐ কদোম্নুংদা করিম্নুং!

খঁঙে ইম ঙসিদি পলেম নঙ্গী নশক্তম—
লৃগী তোঁগী হকচাংদা কোলোয় মিংলেল অমা থোল
শেনবিরম্বা ঐহাকপু মথান্নুংদা চেৎনা কোল
ইমা নংনি মণিপুর তুংশি ঐগী ইরমদম!

# থুরমজৈ ইমা কংলৈ সনাপুং

থুরমজৈ ইমা কংলৈ সনাপুং
শকচরি পলেম নঙ্গী জয়গান!

পীনরে হকচাং নহাক্কী লৈরীক,
চেহ্লনবিরে ঈ নহাক্কী ঈরীক—
থুরমজৈ ইমা কংলৈ সনাপুং,
শকচরি পলেম নঙ্গী জয়গান!

ন্নুংশিংনা নঙ্গী হাপ্পিরে থরায়
নরাক্না নঙ্গী পীনরে ইয়াই—
থুরমজৈ ইমা কংলৈ সনাপুং,
শকচরি পলেম নঙ্গী জয়গান!

নচাক্পি নঙ্গী লূরবা পাঙ্গল,
ননাংনি নঙ্গী শেংলবা ইরল—
থুরমজৈ ইমা কংলৈ সনাপুং,
শকচরি পলেম নঙ্গী জয়গান!

যুগ যুগ থুদিং পলেম চাম্ম শায়োনবি,
কংলৈ থোঙজিল্ল য়ৈনা পারি নমোম থোম্লাংবি,

খুরমজৈ ইমা কংলৈ সনাপুং
শকচরি পলেম নঙ্গী জয়গান !

তোল্লবা ঐনি তারবা নচা,
খঙদবা ইমা ওক্কবা নচা।
পাঁঙমদ্রে ইমা পীনবা থোগাই,
চায়খরে ইমা কোরৌস্যু মরায়।
ঙম্মরোই শিংবা খোম্লাংগী মমল,
ঙম্মরোই লোইবা ইমাগী লম্মম।
কপ্পদ থংলে হৌজিক্তি থরায়
মাঙ্খিদ পাম্মুই পুন্সিসে তরাই।
শেংজরি নখোঙ শেংলবা পিনা
বচ্চরি থরায় লঙলবা থীনা।
কৌবদাই নংবু খাঙহৈবী ইমা,
চাঞ্জবী নচা পুকফবী ইমা।
বোকপিয়ু ইমা নচাগী ইরাল
কুবিয়ু ইমা নচাদা থৌজাল।
খুরমজৈ ইমা কংলৈ সনাপুং,
শকচরি পলেম নঙ্গী জয়গান !

লোইনৈদো লৈনা লৈখোংদা অত্থুম,
কেন্নৈদো হৈনা হৈখোঙদা অত্থুম।

কেঙ্গগে ঐস্নু নখোঙদা ইমা,
শকচগে কাবা অথেলপোংলম্মা।
থুরমজৈ ইমা কংলৈ সনাপূং
শকচরি পলেম নঙ্গী জয়গান।

---

# লোরো ইমা নচাগী শিন্থরিবা মিংকী পি

হুংশিদ ইমা কংলৈপুং,
পলেম ঐগী অপোকপি !
চীংদা য়েংউই মনুংশি,
তমদা য়েংই মহুংশি,
নতু তুবুম খুদিংদা
তাজৈনে থরায় অপোকপি !

লোইবি শম্লাং খোইখোইবা শাংথ লেংথ চোইনা তা,
মালং কাইন শহুম লাং শংবান চরৈ কোমগোম তা,
লাইজ তরং খোম্লাং হৌ হাজং থাখুম চোংনা তা,
মালং নিংশা চিংনা-চিং মায়গৈ কারল মিয়েং তা,
পারি কনা মগুংলাং পীবুক হুংহৌনরিবা,
নমোম কনা মহাকথং পায়মা হুংজেংনরিবা—
হুংশিদ ইমা কংলৈপুং পলেম ঐগী অপোকপি !

যুগ যুগ খুদিংদা পলেম চাম্ম শায়োন তৌ,
কংলৈ য়ুমথোং খুদিংদা মাঙশোক খুদা লেম্না লৌ,
পারি নমোম খোম্লাংগী খোম্লাং থাশেংনরম্বা
পারি কনা নীংসংউ নোংদম থীবা য়াইথীবা

নমোম কনা খন্থরু নোংদমথীবী য়াইথীবী
খোম্লাং তরং হৌরিবা পলেম ঐগী নুংশিবী—
নুংশিদ ইমা কংলৈপূং পলেম ঐগী অপোকপি!

শকচনীঁঙিদ নচানা পলেম নঙ্গী মিংথৈরোল—
খম্মিন পেনা থাদা থোং
শমু য়েংনা চৈজিং খিং
ওয়না চৈজিং পোইরৈ য়েং
থুংলোন্নিদ তম্ন হাপ
হাদ সনাপুঁঙয়োল পলেম ঐগী অপোকপি—
খঞ্জনীঁঙিদ নচানা পলেম নঙ্গী য়াকায়রোল!
নুংশিদ ইমা কংলৈপূং পলেম ঐগী অপোকপি!

থাংজীং চীঙ্গী চীঙ্গোল ওং চীংশাং নাপোম য়াহিঙ্গী
লোইবি চীঙ্গী মিংথৈ তাং 'চীংনুং' কোলোয়নজবী
হারি কৌবী চেক্লানা তলা পামেল উরাং কোল
তমজবগুম পন্থৌ কা খোঁঙাই অরা মপাউখোল
তমজনীঁঙি পলেম কা থম্মোই মাগী মপাউখোল—
শকচনীঁঙিদ নচানা পলেম নঙ্গী নপাউখোল!
নুংশিদ ইমা কংলৈপূং পলেম ঐগী অপোকপি!

পামেল উশা খিবিক্লা ঙাঙ্ক্রা য়েন্নীং হুল্লকপা,
শীঁঙেল লৈকা পূম্বনা তঙাং লৈশাং তম্লকপা,
ঙাঙোই লৈমা মমি তা কৌজবগুম চেক্লানা
কোলোয় মাগী পিথাদোই লুংশি ঈচেল নৌহৌনা
থাদোই থাদোই পিথাদোই লুংশি মঙলাল মঙলোল মঙ
শৈরাংনাঁঙিদ নচানা পলেম নঙ্গী থৌগল চঙ—
লুংশিদ ইমা কংলৈপূং পলেম ঐগী অপোকপি!

য়াইফখিদ মৈদিংগোল শৈরাং থৌগল ফংখিবা—
পেনা লুরেল থাদা থোং
লুংশি খোল্লোয় মেঁঙবা,
চৈজিং মনীং তোনা খিং
মরোল থম্মোই খোল্লবা
"কংলৈ সনাপূঁঙয়োল হাদ পলেম লুংশিবী"
পলেম নঙ্গী মিংখৈরোল শকচখিবা থুৎমাবা
য়াইফখিদ য়াইফখি কল্লকইদ অপোকপি!

থোক্ত্রে ইমা নচাই কা নোংদম থীবা য়াইথীবা—
থুপত্রে পেনা লুংশিখোল
লোংত্রে চৈজিং শরিকখোল—
লাচ্চবদ মঙায়রে লুংশি চেংলো নশক্তম

মিৎকী পিনা মখোঙ চাম থম্মোইনুংদা থুপ্না থম—
থম্মোই মানা লুপচবা লুপথ্রসনু থম্মোইনুং
পুক্নীং মানা তাজবা লোৎথ্রসনু লকানুং—
নোংদমথীবা নচানি কদৌরুনি অপোকপি!

লৈন্নুং ঈরোক ওংজবা লাইজ্ঞ ঈচেল অপিথক
থৌত্থু নুংথোঙ হাংঙমদ কোয়ঙাওননা ঈরোক্লুং
ঈচেল মাগী পুন্সি চুপ লৈজবগুম কোয়রৈ লৈ
পলেম নুংশি ঈচেন্সে থম্মোইনুংগী অপিথক
থম্মোই নুংথোঙ হাংঙমদ কোয়ঙাওননা থম্মোইনুং
ঈপাল শোন্না পোকচরু লৈবা তারে কোয়রৈ লৈ—
শকচনীঁঙুই কদৌনি য়াইথি ঐনি অপোকপি!

ঈথিল ইপাল নৌরবা থম্মোই ঈরোক ওংজবা
পলেম-নুংশি-ঈচেন্সে ফুদোকচবা ঙমদ্রবা
লৈরসনু কোয়রৈ লৈ কোয়ঙাওননা ঈরোক্লুং
চোংলসনু লৈনা লৈ তৎপা লৈত্ত পুন্সিনুং
লাইজ ইপাল ফনবা হয়েংমুক্নী মপোক্তা
ঈচেন্নবা ঈথোঙ হাং লৈকোয় থুংনা মালেমদা—
পীনৌ থৌজাল নচাদা পলেম ঐগী অপোকপি!

শক্লমদরে হন্দক্তি পলেম নুংশি মিংখৈরোল,
রারৌগনু অপোকপি খল্লমদরে য়াকায়রোল
লাংলম্লগে হন্দক্তি মিংকী পিরিক পরেং লেং—
শিংলম্লগে খোল্লাংমল
কংলম্লগে চানবিমল
মিংকী পিনা তম্ফা শক থম্মোই শোক্লা পরেং লেং !
লৌবিয়ুনে চাম্মশক পিরিক্লনা খোল্লাংমল
শকচিনবিয়ু লিশিং চিং পিরাং'মনা নুংশিমল
নুংশিবী ইমা কংলৈপুং পলেম ঐগী অপোকপি !

লোরো ইমা নচাগী শিন্থরিবা মিংকী পি !

# জৈ মা নক্সী জৈ

জৈ মা ভারত,
জৈ মা নক্সী জৈ !

নত্তে ইমা ঐদি অশৈবা—
থোংদ্রি থাদা পেনা কদৌন্নুং
চিংদ্রি চৈজিং 'মুক্ত করিন্নুং—
নত্তে ইমা ঐদি অশৈবা !

অশৈফমদা নক্সী গুণলৈবা
রাক্কে খঁজি ইমা শৈরাংবা—
হারি ভাম্না কয়া'মা
কাংঙা থংগোং কোঙ্গায়'মা
খোইমু কোকিল লখা'মা—
লৈদো ইমা নক্সী খোগনবা !

শক্কে 'হবু ঙসিদি
ঙসি কোবা নোংসিদি
নাউরা মতম ইমা কৌ
ভোয়না ভোয়না পেন্না কৌ—

হাদ পলেম হুংশিবি,
পলেম নঙবু অপোকপি,
ভারত লৈমা পুকফবি,
জৈ মা ভারত
জৈ মা নঙ্গী জৈ !

এহেলো খোঞ্জেন্না অহানবা ঈথক্লখিবি,
এহেলো ইনুংনা অহানবা ঙাঙ্‌নখিবি,
য়াইফরোন্না উমং নঙ্গী খোন্থাংনখিবি,
নঙ্গী মাংলেম গুণ্না লৈকোয় থুংনা ঙানখিবি,
জৈ মা ভারত
জৈ মা নঙ্গী জৈ !

চৎলু সেবাধর্ম্ম—সেবাগীনি পুন্সি,
কাউহু সেবাধর্ম্ম—মহৈ য়ান্নি পুন্সি—
ইমা নঙ্গী দীক্ষামন্ত্রনি !

থাখি পুরু থরায় পোন্থা
বিতস্তাগী লানফমদা ;
থাখি পৃথ্বী থরায় পোন্থা
তিরোরীগী লানফমদা ;

থাখি সিরাজ থরায় পোন্থা
পলাশীগী লানফমদা ;
থাখি লক্ষ্মী থরায় পোন্থা
গ্বালিয়রগী লানফমদা—
ইমা নঙ্গী সেবাগী ভাক্তি !

ইমা অরাবনি অরাবা
খল্লুবদা তুজুংবা—
চহী কুমজা চনীনি,
ইমা নঙনা নাইওইবা !
চহী কুমজা চনীনি,
ইমা নঙবু কাউরুবা !

কপখি ইমা নচা মুকুন্দ—
থাখি সাধক থরায় পোন্থা,
য়েনখি জ্ঞান মহাক্কী 'কর্মক্ষেত্র',
হাপখি প্রেম মহাক্কী 'শ্যামা পূজা'—
নীংসংনখি 'মা নঙ্গী দীক্ষামন্ত্র
কৎনখিদো ইমা নঙোন্দা পূজা !
ভগৎ ক্ষুদি সুভাস—নচা কয়া কয়!

কংখি থরায় ইমা নঙ্গী নাইমল—
কোক্লকপনি 'সুন ইমা নঙ্গী নাইফম !

পাইরে ইমা হৌজিক্তি নীংদম-ফিরাল মচু'হুম-
হুমিথানা মুস্রিকাও পাইরসহু মচু'হুম—
জৈ মা ভারত,
জৈ মা নঙ্গী জৈ !

পীনরে হকচাং নহাক্কী লৈরীক,
চেহ্লনবিরে ঈ নহাক্কী ঈরীক—
জৈ মা ভারত,
জৈ মা নঙ্গী জৈ !

হুংশিংনা নঙ্গী হাপ্লিরে থরায়,
নরাক্লা নঙ্গী পীনরে ইয়াই—
জৈ মা ভারত,
জৈ মা নঙ্গী জৈ !

নচাক্লি নঙ্গী লূরবা পাংগল,
ননাংনি নঙ্গী শেংলবা ইরল—
জৈ মা ভারত,
জৈ মা নঙ্গী জৈ !

যুগ যুগ খুদিং পলেম চান্ম শায়োনবি,
কংলৈ থোঙজিল ঋৈয়না পারি নমোম থোম্নাংবি-
ঋৈজে মা ভারত,
ঋৈজে মা নঙ্গী ঋৈজে!

# জৈ মা জৈ

জৈ মা ভারতেশ্বরি,
জৈ মা সনাতনি,
জৈ মা জৈ !

শম্নাং নঙ্গী খোইখোইবা শাংদম তাবা হিমাচল
শম্বুল কিশি লীরোল তম ফমদেংলিবি যোগাসন,
নঙ্গী যোগ মঙান্না যুগফম খুদিং ঙাল্লিবি,
জ্ঞানগী মৈরা রাংনা পায় জগৎ পূম্বা শেল্লিবি।
জৈ মা যোগ-ঈশ্বরি, জৈ মা পলেম অপোকপি,
জৈ মা জৈ !

গায়ত্রী খোন্থাংনখিবা পলেম নঙ্গী তিয়ানি,
সামগান্না নিনখিবদো পলেম নঙ্গী মাংলংনি।
অবদান্নি পলেম নঙ্গী শান্তিমন্ত্র অহিংসা—
পীনবনি পলেম নংনা বিশ্বজগত্তা দীক্ষা
জৈ মা ভারত-ঈশ্বরি, জৈ মা পলেম অপোকপি,
জৈ মা জৈ !

শক্তি ঙসি বিশ্বজগৎ নঙ্গী চিরন্তনী জৈ,
শক্তি ঐশ্ব তোল্ল' নচা ঙসি পলেম নঙ্গী জৈ—
জৈ মা ভারতেশ্বরি,
জৈ মা সনাতনি,
জৈ মা জৈ!

# জৈ মা জগৎপোকপী নঙা জৈ

খোঙদারক্লে মালেমদা ঋতুনিংথৌ বসন্ত—

লাক্লি নামি' লৈনম পু হুল্লি থরায় খোন্না খোল,
ইপোম্নরি চেক্লাখোল ঈরায়ননা থম্মোইকোল।
ভিয়া য়েংলে মফজে লমজাউ য়েংলুই মনীংথি,
উকোল য়েংলে মহেজৈ ঈকোল য়েংলুই মঙুংশি।
ঈথক্লরি নীংথিবা মালং নোংলম খোন্না খোল—
লাক্লবরা স্বর্গতুম ফজ খিবিক হুপ্না খোল!

ঈহৌরিয়ে হেদো'মা মালেম লৈমায় খোন্না খোল,
ঈফূজিল্লক ইপাল রাং ওল্লে মালেম হেদোকোল।
শীঁঙেল লৈরাং খিবিক্লা লৈশাং তমজ লৈকা হাই
ঙংজরিয়ে খোইমুনা তালোয়ননা কোয়না পাই।
তূম্মা পাইবা চেক্লাশিং চীল্লোক্লরি উকা লাং
য়াইথি মপোক তন্না কাউ বসন্তগী হেদো লাং।
মোমোনমিচ্চি ভেংগা থোং মীকোল ওংবা লৈরাংশিং
কাপ্লি থুগাপ কূনা কূং পাম্মু মকা তুংশি শীং!

থম্মোই মানা পোয়রোল শং থোঙ্গী নাতৈ তন্না কাঙ
ফূজিল্লিয়ে মঙাল'মা থম্মোই কাজুম য়ৈনা লাং—

কুম্লোয় লৈরাং লৈহুংশি মেলৈ লৈস্না নোংজুম্পোল
পিরাংনজ লীক্লা ফু কপ্লি কনাই মখোঙ তাল!
বসন্তনা মালেমদা খোঙদারকপা তন্না উ
ফজ খিবিক হুপ্না খোম মণ্ডলমদমগী লোইনা পু
কপ্লিবোইদো লৈহুংশি পিরাং অথেল তন্না লাঙ
জগৎপোকপী ইমাগী মখোঙ থম্বাল ঈখৌ লাং!

চরৈ ফিমল থম্লসি ফিশেংনিদ হোংলসি—

কখোক্লসি অরা-নং লোইনা ঙসি গৌঙা থা
পলেম মাগী থূয়াখা থরায় হকচাং তূনা পা।
কত্ত হেক্ত মকৎসি মিৎকী পিনা শেংনা চাম,
চানবিহৈবী ইমানি লৌনি শোয়রোই থেংনা পাম।
হৈগী লৈগী কৈলাস তাদবরা থাদোক্লন
শাহিং ঙাহিং মরক্তা লেল্লুবদো হিংচারম!

তমথি নিংথম উনখা চা শিথরুরবী মালেম
মহেলোজরি থৌজাল লাং হৈনা লৈনা মকে সেম।
শংবাল চরৈ থাঙদা থোং তম্ফা পরেং ঙক্তা থোল
তনৌ তনৌ ইনৌ নৌ হেঞ্জরিয়ে ইচুংকোল।
ঙক্লবোইদো উবদা মালেম লৈমই নীংথিবা
শেঞ্জীং চীংগী নম্লোল গুপ য়েংই চানা ঙাঙ্‌বা।

চানবিহৈবী ইমানি থম্মোইদনি য়েংলিবা—
থম্মোইদনা শেংলবা কুবিগনি অপুম্বা।

শক্তি পলেম মাগী ক্ষৈ খোঞ্জেন্নিদ রাংনা রাং
ঙসি কৌবা য়াইফনোং উনবি থম্মোই মকা লাম—

শীঁঞ্জেল পোম্ব্রা পোম্ব্রুদ নদোম লৈশাং তমজবি,
লৈরম স্নুনা লৈশাং তম মালং নোংলম ঙাল্লিবি,
জগৎপোকপী ইমা নঙ্গী ক্ষৈ!

হৈরাং তম্ব্রা তম্ব্রুদ তাউজিং হৈরাং য়াঙবি,
হৈরম স্নুনা হৈরাং য়াল মালং নোংলম কোল্লিবি,
জগৎপোকপী ইমা নঙ্গী ক্ষৈ!

তাইবংমৈরিংশীং ওইনা হেল্লিবি,
তাইবংলিচুইনি ওইনা থুপ্লিবি,
জগৎপোকপী ইমা নঙ্গী ক্ষৈ!

পলেম নঙ্গী তমদনি য়াইফজবা থরায়না
হেক্ষৈ নংদি লিনা নৌ শিদবীনি মিংথোন্না—
খুরুমজরি ইকোক নোল জগৎপোকপী অপোকপি,
শক্তি ঙসি ইমা নঙ্গী ক্ষৈ!

নৌহৌনবঙে নখোঙভম ঙসি কৌবা য়াইকনোঃ
নিজরিয়ে খূয়াথা শান্তিঈরা—য়াইফনোংঃ
জৈ মা জগৎপোকপী নঙ্গৌ জৈ !

# থারবনি ঙসি পুঙিসে খোঁঙা

শান্নরে ইমা নংনা ঐবু কয়া,
শান্নরে কয়া !
অমুক কপফল
অমুক নোকহল—
য়েংদশিন্ন তুমিন ফল্লপ ফল্লপ য়েং
নোক্তশিন্ন নোকফেং নোকফেৎ নৈদা য়েং
শান্নরে ইমা নংনা ঐবু কয়া,
শান্নরে কয়া !

পীজৈদো ইমা নোংমা স্বর্গগী ভোগ,
পীজৈ স্বর্গই ভোগ !
ইল্লি খোল্লাং পলেমগী শক্তমদা,
কোল্লি লুন্না নুংশিবা নথাদা—
শকই নাউশুম ইশৈ ঈংনা হাই হুম
পারি নংবু তাল্লো তুমথুল— হা হুম !
চাখিদো ইমা নোংমা স্বর্গগী ভোগ,
চাখি স্বর্গই ভোগ !

খোংখিদো ইমা নারদগী বীণা,
থোংখি ইমা বীণা !
হুমখি শান্তিগী তুংশিং,
মহাশান্তিগী তুংশিং
বীণা খোল্লোয় লিরি লিরি,
বীণা খোল্লোয় লিরি লিরি—
চাখি স্বর্গই ভোগ খোংখি শান্তিবীণা
তাখি শান্তিবীণা।

পীজৈদো ইমা নোংমনা দেবভোগ,
পীজৈ দেবভোগ !
পুনশিগী বসন্তদনি,
ইতালোয়রগী শক্তমদনি—
শকখি নীংসিংলি তুংশিশৈরেং কয়া,
শৈরোল্লিসু পরেং পরেং 'মুক কয়া—
চাখিদো ইমা নীংসিংলি দেবভোগ
চাখি দেবভোগ !

লাকখি তন্ন স্বর্গ শীনখি থুংনা লৈমায়,
হেনখি তন্ন লৈমায় !
চেল্লি মন্দাকিনী মিনা ঈথোল
হেল্লি নন্দনকানন সুনা লৈরোল—

শাৎলি লোইনা লৈগী জাৎ,
তম্লি লৈশাৎ পারিজাত—
লাকখি তন্ন স্বর্গ শীনখি থুংনা লৈমায়,
হেনখি তন্ন লৈমায় !

লৈই শয্যাদনি পারিজাতনা সেমনি,
লৈই শয্যাদনি !

লতাকুঞ্জ মনুংদনি,
হৈনম লৈনম মরক্তনি—
ইল্লি অমৃত মখুৎমক্কা রস্তা,
শকই বীণাদা নুংশি-শৈরোল কয়া—
চাখিদো ইমা দেবগী ভোগমক্কি,
দেবভোগমক্কি !

হেলোইগী মায়া লৈরুনি কয় কুই,
খাঙনি কয়া ফুই !
ওইখি তন্ন লতাকুঞ্জ শায়গী কোল,
তাখি শয্যা তিংখং মপৈ তন্ন ওল—
মাঙ্খি রস্তা—লেপখি মাঙদা হেলোই
খাঙ্খি তিখংচৈনা স্বর্গই ভোগ লোই--
হেলোইগী মায়া লৈরুনি কয়া কুই,
খাঙনি কয়া ফুই !

পীজৈ নোংমনা ইমা নরকী ভোগ,
পীজৈ নরকভোগ !
ধর্ম্মগী মিংদা মৈফম লিং
অধর্ম্মনা চুই হিংনা হিং—
মখুৎমক্না ইতালোয়
মখুৎমক্না ইতালোয়—
চাখিদো ইমা নোংমা নরকী ভোগ,
চাখি নরকভোগ !

নত্তেদো সিদ—লৈদো অতৈ কয়া,
লৈরিদো কয়া !
হেনখি নোংমা ঐ ইনুং শক্তিক মতম
চঙ্খি লৈণুং তন্ মানা চঙবা মতম—
কয়ানিদো মশান্ন
ইমা নঙ্গী মশান্ন—
মখল মথেন্নি লৈরি কয়া কয়া,
লৈরিদো কয়া !

রারৌরুই পূক্তা ইমা নংবু কয়া,
রারৌরুই কয়া !
লুনা তৌদে ইমানা ঐবু,
থীনা তৌই ইমানা ঐবু—

থঙলুদ ঐগী ইচৎননি.
য়েংলুদ ঐগী ইতৌননি—
রারৌরুই ইমা নংবু পুক্তা কয়া,
রারৌরুই কয়া !

রারৌদ্রে ইমা ঙসিদি নচা ঐ,
রারৌজদ্রে ঐ !

খোংবিবনি পেনা থঙলে খোঙলৈ য়েং
ইনবিবনি অতুম ঐগী খোল্লৈ য়েং,
হাপ্পিবনি খুৎলোল ঐগী শৈশক য়েং
খিংবিবনি শরিক ঐগী তানবু য়েং—
রারৌদ্রে ইমা ঙসিদি নচা ঐ,
রারৌজদ্রে ঐ !

শান্নরো ইমা ননীং তম্না ঐবু,
শান্নরো ঐবু !

থম্মোই শুম্বা রাহোং জগোই তন্না নোয়
শান্নগে শান্নরো ইমা ননীংনি,
থম্মোই থুকপা পাম্বা চেগপ তন্না চোং
শান্নগে শান্নরো ইমা ননীংনি—
শান্নরো ইমা ননীং তম্না ঐবু
শান্নরো ঐবু !

শান্নগে শান্নৌ ইমাগী ননীংনি,
ইমা ননীংনি !

নোংজা তাংলৌ ঈচিক খোল
নোংফাইনবা থাবল কোল
লিরি ঈপোম্নবা বাঁশী খোম্লোই পাল
হুংশিশৈরেং মিনা ঙং থম্মোই তন্ শুম
শান্নগে শান্নৌ ইমাগী ননীংনি,
ইমা ননীংনি ।

পাম্মুদ্রে সিমা শান্ননীংবা শান্নৌ,
অপাম্বদ তৌ

নোংজা ঈচিক তন্না কাই
মুশিনবা মালং থায়
থম্মোই থুক্না ঙংবা পাম্না খোনফম পাল
অকিখোম্লাউ তন্ থা থম্মোই থুক্না শুম
শান্নগে শান্নৌ ইমা ননীং তন্ তৌ,
অপাম্বদ তৌ !

শান্নরো ইমা শান্ননীংবমখৈ,
শান্নৌ লোইনা খৈ,

পুনশি ঈচেল পিথক্সিনা মুক্সি মৃথৈ,
শাম্নৌ মুক্সিমৃথৈ।

থল্লায় হকচাং তুনা কং
মিংগী পিনা তম্না থৈ
থারবনি নথোঙ সনা থূয়াথা
থারবনি ঙসি পুনশিসে খোঁঙা !

544 [signature]